# লাইরিকসি পুথোকপদা থাগৎচনীংবশিং

ইযাম্বা বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেম, লাইরিকসি মেনুস্ক্রপ ওইরিঙেদা পামিন্নদুনা হেন্না ফজনবা শেমদোক শাদোকপদা মতেং পাংবিখিবা অমদি শেরেং খরগী মমিং থোনবিবগীদমক।

ডাইরেক্টোরেট অফ এডুকেসন (এস), লাইরিকসিসু ফোঙনবগীদমক পর্মিসন থাদ্না পীরিবিখিবা অমদি লাইরিকসিগী মমিং **অহাঙবা অতিযাদা উচেক মচাশিং** চায়না খোল্লক্লবদগী হৌজিক্কী মমিংসিদা ওন্থোকচনবা অয়াবা পীরিবগীদমক।

সাহিত্য লোচল লক্ষ্মী, সাহিত্য, সাহিত্যগী পাউন্নচিংবা চেংথোঙশিংগী এডিটর লোয়ননা ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফাল অমদি দুরদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফালগী। মদী লৈরবাশিং, হাম্না লোভুদোকত্রে শেরেংশিংসু হায়ুক হায়না হোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক।

অরোইবদা, ইযাম্বা দীনেশ্বর কোন্সম সাহিত্যগী লমদা খ্রেন্দ্র চেঙলা পুর্কা খোৎদফিনা অমদি পু শিবিবগীদমক।

নীংতম্না হিংজবা পাম্বা
মমাশিংগী মতম্বাক্তা
লৈবাং ওইনা শাৎচবম্বা কযা
উচেক ওন্দুনা পাইখি
মমাশিংগী মীৎযেংগী বাংমদা।
মতৌসিদা মমাওইবিশিংনা
মতম্বাক্কী নরাশিংবু
মথানুংদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জে
অতিযাগী অহাঙবদা পাইথোকখিগদবা
উচেকশিংগুম্না,
লেবাং ওইনা শাৎলিঙৈদা ফাওবা
ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রবদা
উচেক ওন্দুনা অহাঙবদা পাইখ্রবদি
কবি তৌহৌগদগে খঙদনা,
মতম্বাক্কী নবাশিংবু
ওম্থোরা থৌনা যাওদনা যেংলি
থাজদবগী মীৎফম্না।

উপালগী ঋৈবাদা
তোংলিব। উচেকশিংগী মবঙা
মন্থ পুববা লীননা চঙলকপদা
উচেকশিংগী চেক চেক খোঞ্জেলনা
থম্মোযশিংগী থোঙজিলদা খীল্লবি।
লীনগী মখযাওগী নাম্থোক্লুনা
পাইথোবকপা উচেক কযা
শিদুনা তাবকই লৈমাযদা
মশাশিংদগী ঈখেং শিন্থবদুনা।

শিন্থবিবা ঈখেংশিংদু
হিংগৎলকই হিংহৌবিবশিংগী মীহুলদা
অদুগা মখোযনা লাম্থেংনৈ
অবোইবা থৌনা খোমজিন্দুনা
মন্থ চাওববা তাংজগা।

## থোঙ হাংঙু

অঙাঙবা চোঙাশিংনা
মচান্দা মৈ চেন্দুনা পুবক্লগা
যুমশিংগী শাইজিন্দা মৈ চুববপদগী
মৈ ড্রু ড্রুং চাকখৎলক্লি।

নঙদি থোঙ হাংদোক্তবনিনা উবা ঙমদ্রি
খংনবা যুমশিংদা চাকখৎলক্লিবা অকিবা ফংলবা মৈবিসিনা
মমাগী ফিজিগী মণি ওইজবা
অবাবা ঈচাও কযাদগী মবমদম্বু
মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা পল ওইনা ডাব্রগদবা পাম্বোমশিং চাক্লিবা।
লৈকোলগী লৈবাংদগী হেন্না থোং নৌবিবা
মখোং কাবক্লিবা মখোযগী
আশানা মপুং ফানা শাৎকাইবক্লিবা
মাযথোঙগী লৈকা খুদিংমক
পুমকা কাবমখৈ চাকথেবক্লি।

মখোয কযা অমদি
চাক্লিবা যুমশিং অসি কল্লনবা হোৎনবদা
হকচাংগী কযাৎশিংদগী
হুমাং অমদি ঈখেং শিঙ্খবি।

ময়ূম মবৈ মচা মশু পূন্নমক চাকথেকখ্রনশিংগী
থম্মোযগী চৈনা
নঙগী থম্মোযদা ফাওবা ঙমদনা
হাযনীংঙাই লৈতনা লাপথোক্লা লৈবগা
লৈনম পূবা অঙ্গীংবা নুংশিৎনা যৈবদা
হকচাংগী কযাৎশিংনা তেকখৎলকপগী
মঙলান্দা তাওথবিবা নঙগী থোঙজিলদা
মমা ওইবিশিংগী মীৎলুগী পিবাংনা
হঞ্জিল হঞ্জিল থীল্লবি
মচান্দা মৈ পূবিবা উচেকশিংসে হাওনা
মৈবিদগী পুন্সি কযাবু কনবা যাওবনবা।

অঙাঙবা চোঙাশিং অসিনা
হৌজিকসু চীংলোন মাপলগী মনুংসিদা
কোযপাই পাইবদুনা
যুমশিংগী শাইজিনশিংদা মৈ চূবদুনা
মৈ থাবক্লি যুম কযা মথং মথং।

মযাই কাবগী অঙাওবা কোনুংগী লম্বীদা।

বুদ্ধ,
থম্মোযবু থম্মোযনা জয তৌবনা কদাযনো?
অচুম্বনা মাযপাকপনা কদাযদনো?
থম্মোযগী লৈবাংনা শক্তিগী মৈশাদা অসুম খৃইথখ্রি
অদুগা পুক্সিশিংনা ওঙ্হোবকই লৈদগী নৃংদা
মশামক মৈশাদা হিংবা ঙমজনবা।

## মনীং তম্লবা শা

শাশিংদ্র মতম কুইনা
ইশা ইশাদা ফাজিংদুনা থল্লম্বা
ঙসিদি পূমথং থাদোক্লে
সভাতাগী জঙ্গল অসিদা।
কখোকপা ঙম্মশিংবু ইকায় খুম্নবগী মতমদ্ নাঙে
হেন্না ম্রেথীনা অতোপ্পগী মখযা ভুগী। মুনবা ঙম্বা
থৌনা ফবদুদনি ঐখোয়না ইকোক লোল্লিবসি।
থম্মোয়গী লৈখাদা
লেপ ফংনা লূপথবগা থিদুনসু
ফংদেতো মসি নত্তবা অমা।

# নহাক্কি লাকখিদ্রে

নাকেঙ্থাগী অবাবা মহি, হৌখিদুনা
উপাল বাপাল, হৈপাল লৈপাল শিংগী
হৌনাদা য়েন্নী থুন্দুনা
য়েন্নীংখোনা খোঙদাবদ্রে।

অদুবু
ঐখোয় পুন্নমক্পু
নাপুন্না পঙ্খ অমা উইন্দুনা
মনীং ঙম্বা সমাঙ অমগা
মঙলানা মঙহল্লম্লগা
চৎখিবা নহাক্কি লাকখিদ্রে
মীশেল খাঙলব্রিবা
ঐখোয়গী মীৎমাঙদা।

নহাক লাক্লবা যাদনানি
মীৎকুপ অমত্তং ওইহনবসু
মঙলান কয়ানা মঙলাক্লহল্লবা
ঐখোয়গী মীকপ থোকপা
নুমিৎ অমগী দমক।

# মৈবূল

পেখৎলক্লিবা অমোৎপগী মৈপেসিনা
ঙাতিসিগী হয়েংগী অতিযাদা
থৱানমিচাক ওইনা ঙাল্লগদনা
মঙালদা পুন্সিগী মহৈ মরোবু
কৈ থল্লবা লোকচগদৌবিবা কয়া
মখুৎ লাক লাওনা চিংশিনখ্রগা
বূপশিন লনশিন্দুনা মাঙহল্লগা
লেপ্রনা পাব খোক চাওখোনবকপগী
ভুজুংলবা থীদোকশিংগী
অকিবাসিনা মফমসিদা খুন্দালিবশিংবু
মখোঙ মখুৎ চেৎনা পুনশিন্দুনা
ফাদোক তাহনখি

অদুবু মশাওবা অমসুং শীংনবদগী
মৈবল ওইখিবা,
মৈবনা ফিজাল ওইনা ফিজেৎনবিবা
নহাক্কী তবচাংদদি
অকিবসিনা শোকউবা ফাওবা ঙমখিদে।
অশিবগা তত্তনা মীৎচানহল্লিবা
পুন্সি মাহং অসি তশেংনমক য়ানীংলক্রদুনা

অমোৎপগী মপৈসে তাঙ্গোই তানা
মৈ থাদোক্লবা থৌরাংখি নহাক্না।

মীগী মমীৎনা ফাওবা কন্না য়েংহন্নীংদবা
নহাক্কী হকচাংদা
পীক্লবা চৈথেং অমত্তগা ফাওবা
থেংনহন্নীংদবমখৈ নুংশিজবশিংনদি
নহাক্কীসু মনীংতম্বা নপূক্নীং অমা
লৈরি হায়বা ফাওবা
কয়াবক কাউথোকপমখৈ
নহাকপু ফাজিন্দুনা থম্নবা হোৎনখি
মখোযগী মপূক্নীংগী মখা পোন্না।

মখোয়না নঙবু শাওনীংখি
তশেংনমক শাওনীংখি
নখোঙ নখূৎ চেৎনা পুনশিন্দুনা থন্নীংখি।

নহাক্নদি হায়বিঃ
হৌজিক, পূক্নীংবু তপথহন্নবা হোৎনদুনা
লৈগদবা মতম নত্তে।
পৈখৎলক্লিবা অমোৎপা মপৈসে
ভুম্না মৈ থাদোক্লবদি
ঐখোয়না শ্বর হোন্দুনা
নীংতম্না হিংজবা য়াবা
অহাংবা মচেৎ অমত্তা লৈরক্লবোই।

অচেৎপা পূক্নীংগী ফিরেপকী মমিনা
মায়থোঙদা ওহ্বোক্না চীং লেন্না শন্দোক্লদুনা
অমোৎপগী মপৈসে তম্না
মৈ থানবা চঙশিনখিবা মৈবূলসিবু
নুমিৎ থাবু রাহু কেতু অনীনা য়োৎশিনবগুম
অমোৎপগী মপৈসিনা য়োৎশিল্লকপগী
অরোইবা মীৎকুপ ফাওবা নহাক্না

নখোঙ নখৃৎ কাওরদুনা
নখৃৎ নশা থেক্রদুনা
য়ানীংদবা উৎলম্মী।

মৈবূলসিবু য়োৎশিনখ্রবা মতুংসিদা
অমোৎপা মপৈ মরক্তা মৈখূ কারক্তুনা
পীক্রবা মৈরি অমদি ফাওগৎলকই।

# উচেক

তাইবঙগী মচু মচৃশিংনা
মমীগা লাং থাক্তুনা ফাখ্রবা
উচেক,
পাইকবা ঙমদে তাইবঙসিগী বাংমদা
মবমদি-
পাইবা হায়বসিদা শাকং অনীগা নওে
মথৌ তাবিবসে,
লমথু ফমগা পূক্লাংগসু মবী অমদি
শোযদনা লৈবা ঙম্বা তাই।

অদুনা
পাইবি মনীংতম্না যাম্না বাংনা
পূক্লাংগী লীচিংনা চিংদুনা পুবদা
পূমচোক চোকথববা
হকচাংগী ঈবিক খুদিংমক্তা
লোইনাইদ্রবা ঘৌনাগী ঈনোৎ হাপ্লদুনা
অবাম খৌবাংবা হায়বদু ফাওবা
হেক কাউথোকহল্লদুনা,
লৈতাদবনা খূজোক্লা চোক্তুনা লৌথোকপিবি
মমীৎ অনীদগী তূম্নীংবা ফাওবা।

মপাল নাইদ্রবা তাইবঙগী অহাঙবসে
মচু শঙভিল্লি
পূক্নীংনা পাম্বা মচু মমেন খন্দুনা,
অদুবু
পামজনা শঙখিবা অঙাঙবা মচুনা
পাল্লক্তবদা মৈবি ওম্থোক্লগ্ঙুনা
মৈবিদুনা তম্লকই
লশিং মফোলগী হকচাং তম্না।
মতমদুদদি লেপথোকপা ঙম্লমদে
উবিবসে মহাক্না শঙখিবা মচুদুনা?
নৎএগা মৈবিবা?
মচুশিংনা হোংবা নৎত্রবদি
হোংলিবসে পূক্নীংলা?

হাঙদুনা লৈবিবা মফম খর্বদি
কনম্বা মচুনা শঙগদগে খঙদনা।
হাঙহন্দুনা থম্লি।

# য়ানদবা

নোংমদি নহাকসে মরু ওইবম্বনি
ঙসিদি পুন্সিসে কল্পনা তৌদুনা
অতিয়াগী পাক চাওবগা মান্নরা চিংথোক্লবস
মরুদগী হৌখিবা পাম্বীসিনা
মরা তাদুনা মশাশিংনা
অতিয়াগী অহাঙবা খুংনা শন্দোকখ্রে।
পাম্বীসে নোংমদি মরু ওইরম্বনি হাযদুনা
উপালসিগী অচৌবরু পীকথহল্লুবা যাত্রা॥

# নহাক লাক্কনি

মীচমশিংগী মশাদগী
নমদুনা ঈখেং শিন্থহন্দুনা
নুংশিহৈতনা হাত্তোকপিখ্রবশিংগী
পোৎলোযবগী মৈথুনা
অতিযাগী মাযথোঙ পৃংকুপ কুপশিনখ্রবদা
পিবাংগী নোংজ্রুনা
নোংখোঙ ফইনা চুথবক্লিবসে
যাম্না কুইনব্রে।

মীৎফমশিংনা নঙগী লম্বী যেংলদুনা
কংলবা চাম্বানশিংনা
নহাকপু কৌবি।
মীযামগী খোঞ্জেলদি ঈশ্বরগী খোঞ্জেলনি।
অদুনা নহাক লাক্কনি।

নহাক লাক্কনি হায়বগী হরাওবদা
ঐগী পৃক্নীংসে পূম্নাং লাংলি।

অসিগুম্বা নোংজু অমদা
নহাক লাকখি

লাইনিংথৌ নোংশাবনা
কংলা শা ওইনা শাইওন্দুনা
অদুগা
ঈখেং তানা চিকথৎখি
হিংচাবশিংগী মকোকশিং
মদুতদা মকা লামজববা
অতিযাগী মাযথোঙদগী
নোং হাংখি।

নোং মবক্তা
নোংমসু লাকখি
মীনাই নাইথাংগী তমথীববা
মীওৎ মীনৈগী চেথেংদা
লৈবাংগুম্লবা পুম্নশিং
নুংশি হেতনা নৈহৎপিববদা
লাঙ্জিং পুরেল ওইনা
মাযথোঙদা থৌনাবু শাৎকাইগল্লদুনা
লাম্থেংনখি হনবা নাইদনা
মদুতদা অতিযাগী মীৎলূদগী নোং খরখি।

নোংমা অমসু নহাক লাকখি
নুমিৎ ওইনা
অমম্বা লৈচিল মবক খাযবদুনা
থম্মোয থোঙজিলশিংদা লেপ্লবদা
থম্মোয পান্দবশিংদুনা
থোঙ হাংদোক্লুনা
নহাকপু কৌশিনবিখিদে
মীতোপতা মীতোপকু মল্লা
থোঙজিলদগী হলগনখি।

অযূব অদুগী অতিযাদা
নঙবু গ্রহন লাকখি
অমম্বা বাখলদগী পোক্লকপা বাঙনা।

মঙালদা মকালান্না শাভোকচগে তৌরম্বা
থম্বালগী লৈকাশিং
উমশিনখি আশা ফংদনা।

মঙাল ফংদ্রবা নুমিৎসিদদি
মখোয়দু মক্লা
মঙালগী মশেক অমগুং থিরক্লি
অমম্বদা লম্মাংনরদুনা।

নোং অসি কনশিল্লক্লি।

চুরিবা নোংসিদি নহাকপু ওক্লিবনি.
নহাক শোযদনা লাক্কনি
উপালদা অনৌবা যেন্নীং হুনবগুম
মতমগী ঈথক্তা তোংলদুনা
অনৌবা হিংজোল শেৎলদুনা।

# শীংনদুনা চৎকনি

শীংলিবা মংমগী নোংলৈদা
অকংবা উনা ওইদুনা
কোকপাই পাইনখ্রবস
থবাযগীদমক ইকোক অসি নোঞ্জবোই
মফম অমওদা।

ঐগীসু লৈ থম্মোযদা থৌনা
হবচাংদা লৈ পাঙ্গল
চীম্বান্দা লৈ বাহে
মীওা লৈ আশা।

ঐগী কবিবু বাংলা

থৌনানা লমজিংগনি পূক্লীং
চীংমাযওন্না থংকনি নোংলৈ নুংশিং পাঙ্গলনা।
চীম্বানগী বাহৈনা খোম্বাং যৈহনগনি অহাঙবা অতিযা।
শাৎকাইহনগনি মীওা আশাগী লৈবাং লৈকা ফম্না।
মংশ্নু মথবায হাপ্লগা মমায চুমদুনা পুগনি
ঐনা পাম্বা লম্বীদা।

শীংনবা হাযবসে কযাদা ফজখ্রবা।

নুমিৎ তাবা নাইদ্রবা
সম্রাজ্য অমগা শীংনবগীদমক
ফংজবি লংলবা ইতিহাস অমা
মদুগী মঙালনা লৈতেংলি
জাতিসিগী মাযথোঙশিংদা,
মীওইবা জাতিনা মতোমতা মকোক নোঞ্জবিবা।

শীংথলিবা নোংলৈসিবু মাযোল্ল-দুনা
শীংনদুনা চৎব নি,
শেমগনি ঐনা অনৌবা খোঙদাফম
নৌবিবা ‘ খাঙশিংনা
মনীংতম্না চৎচবা ফংহৌনবা
ঐনা শেম্লম্বা লম্বীসিদা।

# লাপ্পবা

ইশাগী অপাম পামদৎনু নাওরেংনবদা
মাযোক্লগা লেপ্পবা নথাগা
অসুক কুইবসে ইশাগী অপাম পামদ পম্লমব
লংথোকখ্রগা লাপ্লে নবক্লবা তুংদা
ঐগী পুল্লীংসে
নাংঙোন্দা পুংলুপ লূপশিন্দুনা তিঞ্জবে খল্লুই।

অদুবু কবিগীনো
নঙগী চাম্বান্দা
মোমোন মীনোক্লা শাংকইবকপা মতমদা
ঐগী মীৎলূদা পিবা গী নোংজুনা
নোংখোঙ ফূইনা চুখবক্লিবা?

ঐ খঙলে
ফনা হোৎনদুনসু ইবানীদি
অনীনি
অমত্তা ওইবা থক যারোই।

# লমদিং

নঙগা কাযনবকপা চহী যাম্লক্রে
োং'মা থাদোক্লম্লগা নঙগী অশ বা লবূক লম্চাং
ইমাগী ফিজি পাযদুনা
ভুংইন্নদুনা লাবখি- ইপা, ইযাম্বা অমদি ইচেগী
মংমদুদা খাম্লমগদ্রা খঙদে ঐবু
তবক তবক লৈহৌবা যুমদুনা।

নোংমা ঐনা চৎলুবদা
তনাম তনাম ওক্লক্কদ্রা
উপাল শাপালশিংনা মখূৎ তিংথোঙ্ঙুনা
কুইনা উকদ্রবা ঐবু উবদা
অসুক কুইবসে লাক্তে হাযদুনা
বাংবৌদুনা মমায লৈথোক্কদ্রা?
নংত্রগা কবিসু থৌশাবিবক্রোইদ্রা?
উনদ্রগা কাউনবকপা তাইবঙদা
লম্লানবা অমগুম খন্দুনা।

ঙসিদি মীৎমাঙশিংদা চোংথোবকই
ইনে ফেনে, ইনে চন্দ্রা, ইচে উবিবৈ
তাদো পোপী, তাদো সান্তি. মামো সনা

মখোয় পূন্নমকপু কমদৌবিগদগে?
অদুগা ঐনা লাইবিক তন্নম্বা
খুঙ্গংগী অপীকপা স্কুল,
ঐনা তওনা লাইরিক শেগাযবগী
ওজা কাশিনা
লাইরিক্কা লফোইগা তোৎলগা পীজখিবা
ওজা মোরু নখোয় পূন্নমকপু নীংশিংলি।
স্কুলগী শুনু হাইদ্রবা ফক্লাংশিংদা
লৈরমখিগদ্রা কাঙ্গুনা ইবা
শুপ্নগী ময়েক অমত্তং ওইরবসু
ঐগী খুৎকী খুৎই ওইনা।

অবোক শ্যামা
নঙবু কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙমদে।
ঐনা খজিক্তং ঙমদে তাবদা
অথেংবা অহিংগী মতমদা ফাওবা
খ্বাঙদা খ্বাঙযেৎ শেক্তুনা
খুৎ ওয়না মৈনম পায
খুৎ য়েৎনা থাঙ পায়
মাইল অনীগী শাংলবা লম্বীদা
শুক্লবা জঙ্গল ফাওদুনা
নতোমতা খোঙনা লাকপদো।

ইমাগী ফিজি পায়দুনা ইন্নখিবা
চরক পূজা, কালি পূজা, দুর্গা পূজা।
কায়নবক্রে নঙগা মতম কুইনদগী
অদুবু থম্মোযগী মবী অমনদি পুনশিনখিবল্লে
ঐনা খঙদ্রিঙৈদগী।
অঙাং ওইবিঙৈগী খুৎফম খবা
চেন্না চোংনা শান্নবম্বগী
খোঙশাগী মমিতা ওইববসু
লৈরমগদ্রা খঙদে মফমদুদা ঐগী।

অথেংবা অহিং কয়াদা
শামু লমশানা খোংদুনা খুঙ্গংদা লংবদা
ঐনা ইমাগী মথানুংদা চেৎনা কেংদুনা
অকিবা খাঙখি তনীক্লা।
খুঙ্গা অহলশিংনা তিন য়েখি
খোঙ্গাল ফাওদুনা চেনখিবা রেল গাড়ীগী
খোংবা লাউবা মখোলদা
কায়দুনা চেন্নখি শামু লমশাশিং।
অয়ুক্তা থেংনখি অপেৎপা লৈমায়দা
হকচাং চনবা খোঙ্গুলশিং।

হৈকোলশিংগী থৈবোং হৈনৌগী মহাউ
হৌজিকসু লৈরি ঐগী লৈতোন্দা।

লোৎনা থুপ্না লৈজবা
খুঙ্গংগী অপীকপা লম্বীগী লীক্রমশিংদা
চেনশিল্লমগদ্রা খঙদে
খুঙ্গংগী চমজবা, নুংশিনবা পুন্নমক থুম্কাত্তুনা
মীয়ামগী নৈরবা ঈচাওনা
তোর্বান পাথোক্লবা সহরদগী।

# মরূপশিংদা

মরূপশিং নখোযবু নুংশিজৈনে ঐনা
নোংমা ঐখোয় মরূপ ওইখি
নাপল অমদি তৌবা ঙম্বগী
চেৎনা খাবিবা পলশিং থুগায়নদুনা
তিন্নখি ঐখোয় পূম্নমক
অথীংবা অমত্তা লৈতনা
তিন্নবিবা ঈপাক ওইনা।

পূক্নীংগী মান্নবা
অহাঙবা মচেৎ অমত্তুং ফংবদা
অথীংবা অমত্তা খঙদ্রিবা
পীক্লিবা অঙাংশিং গুম্না
ঐখোয়গী মনীংতম্লবা নাখলনা
চেন চোংনা শান্নমিন্নদুনা
কয়াদা নুংঙাইমিন্নখিবা।

মরূপশিং
ঐখোয়গী লম্বীদি তোঙান তোঙাল্লি
ঐগী লম্বীগী অচুম্বশিংগীদমক
ঙসিদি নখোযবু থাদোকপা তাবে

মসি মন্দপশিংবু মীবাইবা নত্তে
মপোকসি ফংজবগী
ইশাগী থৌদাং অমত্তং তঙাইফদনা লৌবতনি।

নুংশিববা মন্দপশিং
নখোয়না কনশিল্লম্বা
থম্মোযগী অহাঙবসে পুবদনা
ঐহাক চৎলে ঐগী লম্বীদা।

চৎলিবমখৈ ঐখোয় লাপথোক্লখি্রনি।

ঐখোয় অমুব পুদি শোযদনা উনখিগনি
ঈতিনফম অমত্তা ওইবনিনা।
ঐনা বাজবিবদি উনবা মতমদা
মীথুংশঙগী থোঙজিলদা
শকখঙনদবা ওইনা ঐখোয় অমগা অমগা
শকখঙনবগী খুৎ শোক্লগনি অহানবা ওইনা।

## নঙদি নূংনি ঐনা লৈনি

নঙগী চীম্বান্দা বাহৈ লে
খূৎতনা কলম লৈ
অদুনা যেকপা ঙম্মী
নঙনা যেক্লীংবা শঙম অমা হেক্তা।

ঐগী' চীম্বান্দসু বাহৈ লে
থম্মোয়দনা মৈচাক লৈ
অদুনা শাবা ঙম্মী
শানীংবা মুর্তি অমা হেক্তা।

নঙদি নূংনি
নশামক্কী মনুংদা
নশামক লোৎচবা।

ঐনা লৈনি
ইশাগী মনুং মপাল অনীমক
মীৎমাঙদা পূমহাং হাংদোকচবা।

অবাবসিদিঃ
নঙসে নূংনি হাযবগী নত্তে
ঐনা নূং ওনবা ঙমদবগীনি
মায়োক্লদুনা লেপ্পা ঙমদবগীনি।

# শৈরেং ইগনি মখোয়গীদমক

কবি,
নঙনা নখংনখিবদুদি
মনী'তম্না চাওদুনা হিংজবখা
বাইনু পূংবা অমগী মনুংদগী
শাদানবগী হু পুববা তেঙ্গৈনা
বাইনু লাবদুবু কাপ্পুনা হাত্তোকপিনবদা
বাইনু অমোম্না
শোক্লবা থম্মোয় পুনদুনা
হিংহৌনা অদুখক্তনি।

অদুনু ইহনখি নঙবু
থম্মোয়নুংদা ঈহৌবকখিবা
কাব্যগী ঈফুৎনা ইপোম চাওনা
ঈচেল নাইনা চেষ্টনক্লবদা
কায়না পিবাংনা ঈচাও থোক্লবা
এমায়ণ।

চহী লীশিং কয়াসি থুমজিন্দুনা লেনি
পিগী ঈবিক্না
ভারতবাসিশিংগী মীৎমাশিং।

ঐগী ঈবৈবাকসিদদি
ঈগা শান্নবগী নেশাদা
মযাই কাববশিংনা
মখূত্তা মক থন্না হান্নবা
নোংমৈশিং মখূৎ চেৎনা পাযবদুনা
লৈবাকসিগী লৈবক কোন্সাং
কোযথুং খুংনা চত্তুনা
হাত্তোক্লি নীংতম্বগী ঈশৈ শক্লম্বশিং।
মীচম প্রজানি খঙলবা ফাওবা
খোঙপাক্লা কাওব কাওবদুনা
নোংমৈগী বটনা শুব শুবদুনা
ইলেক্ট্রিক শোক তৌব তৌবদুনা
বাহং চথবি
থম্মোযনুন্দা নীংতম্বগী বাখলবু
লোত্তুনা থম্না হাযবা ফাওবা
তশেংনা খঙদোক্লবা।
মখোয কযাবুনা নোংমৈনা
শীংনা শাবমখৈ কাপখাইন্বিবি।

মসিদবু কবি শৈরেংনো
ঐনা ইগদবা?

ইগনি ঐনা
মহাকাব্য অমা নৎত্রবসু
শৈরেং অমত্তংদি
মীনুংশি খঙদনা হাত্তোকপিখ্রবশিংদুনা
থম্মোযদা পীবম্বা চৈনাসে
থম্মোয পূম্নমক্তা যেননবা
থম্মোযনুংদা ঈহৌবকপা
ইথিল পূম্নমক খোমজিন্দুনা।

# ঐগী খুঙ্গং

ঐগী খুঙ্গংদা
লাক্কদবা অমদি হৌখিবগী
অগীংগী পল্লমক নমখাইবদুনা
নুঙ্গাইবগা বা বা চাইথবদুনা চেষ্টবিবা
থেক খোংনবা ভুরেলগী ঈচেলদা
নুংশি হেৎনা তাঙোরবিখ্রবা
ঐগী নু শিববা খুঙ্গাশিংগী
ঈখে চেপ্তবক্লি।

থোং নৌববা লৈবাগী লৈকা খুদিংমক্তা
হিংবগী ঈবিক ভু শিল্লদুনা
হৌখিবা অমদি লাক্কদবা
অনীগী মবক্তা
লেকা ফন্না শাংচবস্বা লৈবেলগী লৈবাংশিং
নুংশি খঙদবা খূৎশিংনা
লৈখোক্তগী থদংপিবি।

ঋতুগী ফিজোল হোংলদুনা
তুমিন তুমিন লেপ্লিবা উপালশিংগী ফৈবাদা
মহুম শাজবা,

লৈকোলগী লৈবাংশিং লান্না
মশা মশাগী লম্বী থিবদুনা
পাইবিবা
চেক্লাশিংগী মশাইগোন,
মাযকৈ পুন্নমক্তা শন্দোক্লিবা চীংশাংশিং
লাম্মৈ অসুম থাবক্লি।

অদুদগীদি,
লোইমোম ফৌগী লবৃক্তা
ফৌগী চবোংশিংনা সনা মচু শাবকপদা
মপূক্লীংনা
লেঙ লেঙ চৎলিবা ফৌনা ওইনা
হাই গুমজবম্বা
ঐগী খুঞ্জাশিংগী মপূক্লীংদা
মৈগী চীং অমমম ওমখৎনবক্লি।

মৈগী চীং অসি পোকখাইবক্লগনি।

## ঐগী ৱাহৈশিং

বাহৈশিংনা শাগৎপা ঙম্বা
খ্বাইদগী ফজবা মুর্ত্তিশিং
থম্মোয়নুংদা শাগৎলদুনা
ফোঙদোক্লিবা পুক্নীংগী অর্নাংবা ৱাহৈশিং
চীন পায়দুনা কনামতনা মেনবা ঙম্লোই
অমুকসু
থম্মোয়নুংদা লোৎকে থন্না লোৎখ্রবা
বাহৈ অমত্তসু চিংথোকপা ঙম্লোই
করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তনসু।

ঐগী ৱাহৈশিং
য়ানবশিংগী মরক্তনা লৈনি
পীরিবমখৈ লৌনীংবা,
য়ানদবশিংগী মরক্তনা থাঙনি;
বাহৈ খুদিংগী শোক্লবা যাবা
চৈনা ফংনবা য়াবা।

মশাবু ৱাহৈদা য়োম্থোকচখ্রবশিংদুবু
লৈদুনা পুখ্রিবশিংদুসু ৱাহৈননি।

ঐগী বাহৈশিংনা
মনীংতম্বগী লানফমদা
ঈহিং নাহিং শানা শোক্তুনা তাববশিংগী
হকচাংদা অনৌবা মিঙ্গল পীগনি
অমুক হন্না লাম্থেংনবা ঙম্মনবা।
মীৎলুশিংগী পিবাং তৈথোক্কনি
আশাগী খোঙশিং হাংদোক্লদুনা।

অবাম খৌশাংবনা
খৌবি চৎনম মেৎখাইবিববা
মখোযগী পীক্লিবা নবাশিং
খোল্লাং পীথক্কনি
ঐগী বাহৈশিংনা
পাবম পুবম খোঙ্গুল লীদুনা
মথমসিবু ঙাকহৌননবা।

# তুরেল অসি লেপ্তনা চেন্থরি

তুরেল অসি যাঙনা চেন্থরি
লীক্লম থিব থিবদুনা।
ঈচেল অসি হায়নী-ঙাই লৈতনা অযাঙবনি
তোর্বান অসিনা লেঙদবনি।

অচেৎপা ঈচেলসিদা
ঙিনাউ অমমমদা তোংলিবশিং
পুথখি মখোযবু
ঙাওববা ঈচেলসিনা
লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ অমগী
খোঙশাল্লিবা যাত্রিব অমমমগুম।
মখোযনা হাযবমদে
মখোয কদাযদা থুংলুগনি হাযবা
মখোয মশামকস্ু খঙজদবগুম চৎখি
পাউখুমসিমা হংদনা লৌহৌববনি
মখোযগী অঙাওবা মমীৎশিংদগী।
ঈচেলসি অযাঙবনি
মসিতনি মখোযনা খঙখিবা হাযববু।

মাযকৈ তোযনা হোংলক্লিবা

ময়াই কাববা ঈচেলগী ঈথক-ইপোমগা
মাযোক্লবিবা পীক্লবা হিনাউশিং
ফেৎ ফেৎ হাইনা খাঙলি।

ঈচেলসিনা চেহ্নবিবমখৈ
কোনশিল্লন্মী লেংদ্রবা তোর্ব্বানসিনা।
মখোয়না খনবা থোক্লমদে
তোর্ব্বান যাওদ্রবা ঈচেল নৎএগা ঈপাক অমগী।
ঈচেলসিবু তোর্ব্বাননা কোনশিনবগুম
ঈচেলসিদা ফাজিন্দুনা লৈবি
পীক্লবা হিনাউশিং।

তুবেল অসি লেপ্তুনা চেহ্নবি।

# ঐগী ইমা

ঐনা যা কাথোক্লবদা কবিনোমতা হাযগে খন্দুনা
ফিবুল অমা নমশিল্লকই ইমানা
চৌম্বান যৌবক্লবা বাহৈশিং অমুক যোংশিন্দুনা
থম্মোযনুংদা লোংশিন্দুনা থম্নবা।
খোঙথাং অমগুং থাংগে তৌকবমগুদা
ইখোঙ অনীসিসু চেংনা পুনশিনবিবকই অমুকসু
নুংশাথীবগী হুমাংনা মশা পুম্না লুপ্লদুনা।
ইনাক্তা লৈবিবা ইচীন ইনাওশিং
মখোয অমনা অমগী মচান পঙমেন্দা মেনশিন্নে।
মখোঙ মখুৎ পঙফাদ ফাজিন্নে।
ঐনা কৈদৌববগে হাযনা লাংতক্লনা যেংলুবদা
ইমানা ইমীৎ অনীসিবু ফিজেংনা চেংনা পুনশিনবিবকই
অদুগা মতোমতা হাযজে—
মতমসিদদি মতৌ অসুন্না লেগদবনি।
ইমানা মখা কবি হাযখিবা তাবা ফংখিদ্রে
নাকোং অনীসি মেনশিল্লকপনা হানখিদুনা।
পাঙ্গল থোক্ত্রবা ঐনা ইমাবু কোযমা মাদুনা খিজবৰ্মী
ইমানা ইখুৎ অনীসিবুসু চেংনা পুনশিনবিবকই
মসিতদা ইমাগী থম্মোযনা পোণ্খাজবমাল্লে।
ইমানা হৌজিক শোল্লমগদ্রা হিংজবে হিংজবে

অদুনু থম্মোযসিদদি ৱাহং অমনা খোঙ্থাং যৈবি
ঐবু হিংলিব্রা? ঐবু হিংলিব্রা?
থম্মোযগী কবিগুম্বা কাচীন অমওদগী
ৱাহংসিগী পাউখুম্মদি খক লাক্তেং।

# লান্থেংনগনি নঙগীদমক

ইমা পোক্লফম লমদম
নহাক্লা ঐগী ওইবগুম
ঐসু নহাক্কীনিনে।

নঙগী নশাইগোনসিদা
আশাগী লৈখোক্তা ফৃগাইনা শাৎচবম্বা লৈবাংশিং
শাৎকাইবা ফাওবা নংহন্দনা
কযাবক হেক্তোক্লুনা নৈহৎপিববসু নুংশি হৈতনা
মিহৌচাওবা খূৎশিংনা
ঙসিসু লৈশাৎ তল্লি।

মফমসিদা যেলহৌঙৈদগী চাক্তাজবক্লবা
উচেকশিংগী থোৎলবা মশাশিংদা
নোংমৈনা হুঞ্জিন হুঞ্জিন কাপখাইদুনা
মখোয কযাবু হাত্তোকপিখ্রবসু
উচেকশিংনা পাইখিদে
নহাক্কী অতিযাসে থাদোক্লুনা।

কবাম চাওবা খোঙশিংনা
হুঞ্জিন হুঞ্জিন নৈখাইবদা

পৃমকোক কোক্লবা লৈমায়সিদা
তিংথৌগী নৌববা মকা অমনা ফাওবা
হৌগৎলকই মনীংতম্না
মবমদি
মফমসে মখোযগীনি।

ইমা পোক্লফম লমদম
নঙগী নতম্বাক্তা চেল্লিবা তুবেলশিংনা
ঐনা খৌবাংলকপদা ঈশিং পীথকপিবি
নঙগী লবুক্কী মহৈ মবোংশিংনা
ঐনা লাম্লকপদা পূকসিবু থলহনবিবি
নশাইগোনসিবু কন্নবগী লাম্থেংননবা
মসিদবু ঐনা
কনাবু অমুক কিখিগনি।

নঙগীদমক লাম্থেংনবদা
হকচাংসে শিন্নগনি
মহৈ মবোংগী লবুকশিংদা
শিন্নগনি চেল্লিবা ঈসিনা
নশাইগোন্দা চেল্লিবা তুবেলশিংদা।

# লম্মাংনরবা উচেকশিং

অতিযাগী অহাঙবদা থিনগৎলদুনা
শাৎবাইবি অঙৌবা মচুগী লৈশিংনা।
মচু মচুগী উচেকশিংনা
কোযপাই পাইদুনা শান্নজবি
লৈশিংগী মবক্তা,
মখোযগী নুংশিববা ঈশৈনা
তিন্নবি অমত্তা ওইনা।

অতিযাগী চিদাই অমদা
ফাওবকপা ফুবাওনববা মঙালদা
ঙাওজবদুনা উচেকশিংনা
পাইশিন্নখি লোইনাইদনা মথং মথৎ
পম্বুংগী লাংতক্কবা যাওদনা।

মঙাল তম্না পাইশিনখিবা
উচেকশিংনা
ওন্থোক্লদুনা শাহিং চাবা লংজাশিং
মখোযগী শীংলি নাওবি শিনবা থুংনা
শন্দোক্লদুনা লোইনাইদ্রবা মযাই কাবনা
পাইথোবক্লগা

মশা মশাগী খোঞ্জেলনা
অতোপ্পগী খোঞ্জেলবু নম্মাত্তুনা
অতিয়া পুম্বা খোঙ্খাং য়েহন্নবা হোৎনরদুনা,
মশাশিং লৈনা লৈনা খপ্পদুনা
শদোঙ ফক্লরকই অমনা অমগী
ঈখেং খৌবাংলবা মমীৎশিংনা য়েংনরদুনা।

মখোয়গী মশাশিংদগী অঙাঙবা ঈখেংনা
চাইথরকপদগী লৈ মরক্তা
মচু হোংলক্রি লৈশিং
অঙৌবদগী অঙাঙবদা।

# ঐগী য়েক্লবা

অতিযাদা য়েংখৎলি
নঙগী শক্তম উই
লৈখাদা য়েংথকই
নঙগী শক্তমদমক মউই
হৌজিক মঙলানগী ফিজং অমনা
থক খাদা, মাযকৈ মবিমঙ্গা খন্দুনা লৈখ্রবজাৎনি
নঙগী শক্তম্না মদুদা
চীং লেম্না ঙাহোইবিবা।

শকখঙনৈদেগী নঙসে
য়েক্লবম্লবজাৎনি ঐগী থম্মোযগা
খঙলকইবসিদি শুপ্নৎংগী নঙগী বাখলনা
ঐঙোন্দা ওৎ নৈবকপা মতমসিদতনি।

লালফম অমদা মাযোক্লখিবগী বাবীসু নত্তে
খুৎতা খুৎলায পাযনবসু নত্তে
উনবা খুদিং চীম্বান্দা শাৎকাইহল্লদুনা
মোমোন মিনোক্কী লৈবাং অমমম
খুদোল তম্লবিবনি
ইফোঙ ফোঙনা মীমাঙদা।

ঐগী অপাম্বদি নঙবু মাযথীবা পীবসু নত্তে
মতম পুন্নমক্তা নঙগা শীংনদুনা লেপ্পা ঙম্বগী
থৌনাদুনি ঐনা পাম্লিবা।

থম্মোয হাযবসিদি থম্মোযনি
থোখ নৌথবিবমখৈ ফবা
থজিক্তুং কন্না যৈকব্বদা
শীংনবগী মশোঙ হেক্তমক ফনগৎলকপা।

নঙগা শীংনদুনা লেপ্পা ঙমদ্রবদি
তাদুনা লৈবা তাবনি ঐহাক
লালফমদা শিববা লান্মী ওইনা
নঙগী নমাঙদা
মদুমক্তি থম্মোযনা পাম্লোই হাযবা
থম্মোযসিনা খঙজবিবনি।

শীংনদুনা লেপকনি ঐনা
নোংমদোল তম্না ইঙক অসে বাংনা থাঙ্গৎলদুনা
চৈথেংতনা শুপচিল্লবা থবাক অসে
উচেক্কী শাকং অনীওম ফন্দোক্লদুনা
ঐনা হিংলিবমখৈ।

## কৈথেল

কৈথেলসিদা থেনগৎলি
নুমিৎ খুদিংগী মমল হোংবা পোৎশিং
লৈবি মীয়ামসু কৈথেলসিদা থেনগৎলদুনা
মশা মশাগী মমল অমমমতং লেপ্লিনবা।

কৈথেলসিদা লৈবি—
মপৃক লামদুনা কপ্লিবা অঙাংশিং
মচাশিংগী মপূক্কী নিংঙাই থেম্বা ঙমদপদগী
মতোমতা শিদোকচনীংলবি নুপীশিং,
নোম্না নোম্না খোঙফম অমত্তা
কাখৎচবা ঙমদ্রবা
পুখবতা ওইববা নুপাশিং,
মীৎনদি উবা ফংদনা মখোযগী মথক্তা
তোংলগা চাবিবশিং।

মতিক চাবতনা হিংহৌবা হাযবা
জীবগী বিজ্ঞানদা
ওইখ্রে মীওইবা পুম্নমক
একজিস্টেন্সকীদমক লাম্ফেংনবিবা
বাইওলোজিকেল এনিমেল।

কৈথেলসিদা
যূম, চাক, ফি অমসুং গাড়ীগীদমক
নুপীশিং অমদি নুপাশিং
মফি থোক্তোক্লগা মীযাম মমাঙদা
জগোয শাবদা থৌশাদ্রে।

কৈথেলসিদা লোইনমক ফংই
অশেংবা থম্মোযতদি লৈত্রে
অদুনা মখোযগী কবিমতা লৈত্রে
লৈবিবা হাযববু
কৈথেলসিদা হিংনবগীদমক
লেঙ ওৎলিবা মুর্ত্তিশিং অসিতনি।

## নুপীমচা

ঐহাক নুপীমচা অমনি
তাইবঙগা শকখঙনবা চহী তবাতকক শুববা
প্রকৃতিনা পীবি ঐঙোন্দসু বাওনা
তাইবঙবু শুন্দ্ধৎপা ঙম্বা শত্তমদু।

অহানবদা ঐহাক লৈকোলগী লৈশিংদা ঙাওজনম্মী
লৈশিংনা শাৎচবম্মী
ইখুৎসিদগী মিনুংশি ঈবিক ফংবদা।

অদুগা মকা লান্না হাংদোক্কুনা থল্লম্মী
থম্মোযগী থোঙসি
লৈগী লৈশক লৈনম উবা নম্বা ফংনবা।

নোংমা হাংদোক্কুনা থল্লিবা থোঙসিদা
খ্বাইদগী থাজবা মীশক অমনা
চঙলক্লগা তৃপ্লিবা ঐগী হকচাংদা
থাঙনা থিল্লম্মী।
মীৎকুপ অমদি ঐহাক
পাঙথোক্লিবা মীৎপু থাজখিদে
থোক্লিবশিংদু অশেংবনি হাযবদি

শোক্লবা হকচাংদগী চেস্থবকপা ঈনা তাক্লকখি।

নুমিৎ অদুদা ঐদি হিংহৌই
থাজবদি থম্মোযনুংদা শিখি।

মতমসিদা থম্মোযগী থোঙসে
মকা লাম্না হাংদোক্কুনা থম্বা যাদে
মসি ইশাবু কঞ্জনবা
অমত্তা ঙাইববা পাম্বেনি।
লৈকোলগী লৈশিংবু শেন্নবগী মতুং
ঙসিদি শেন্নবে থম্মোযগী থোঙসে ওইনা।

লৈকোলদা লেশিংদি শাৎকাইবা ঙমদনা কংশিল্লব্রি।

## লম্মী থাদোকউ

অমম্বগী লমদমমদদি
মঙাল হাযর্বসি মঙনি।
ঐনা মঙালগী মবমদা মঙ মঙই
অদুনা মখোশনা
ঐবু নোক্লে
মঙ মঙদুনা হিংবা মীশক্লি হাযদুনা।

মঙশিংনা ঐবু পুবি
মঙলৈবাক অমদগী মঙলৈবাক অমদা
ঐনদি
চিংদুনা পুবরুবা হোৎনৈ
ঐগী মঙশিং
মীৎচানবিবা ঐগী তাইবঙসিদা।

মঙ মঙবদা ঐ চোকথদে
মবমদি-
তাইবঙপানবসিমক
মঙলৈবাক্তগী শেমগৎখিবনি
খৌনা ফবশিংদুনা
লৈতেংলদুনা

ঐখোয়গী অনৌবা অয়ুক্কী
অনৌবা য়ারী।

ঐগী মঙশিংবু
পুরক্কবা লম্বীদা থৎলিবশিং
লম্বী থাদোকউ
নৎত্রবদি পল্লোন কয়া থিংলবস
নমখাইরগনি
অদুগা পুরক্কনি ঐনা মঙশিং
ঐগী তাইবঙসিদা।

# মৈরাইরক্লবা ফিজি

লাঙ্গৌই চনশিল্লক্লবসু
লেপ্পা লৈতনা
মো'ফমগী মেবিসিনা,
ঐগী মীওদি
লৈশাৎ ওন্নিবা লৈশিংগা
লৈকোলদা শার্মনিবা অঙাংশিংগা অমওনি।

পোক্লকপদগী ঐনা
মনীং তমজবা ফংজদ্রবা নখোযনা
অতিযাগী অহাঙবদা
থাগৎলদুনা তেলঙ্গাশিং
যে লি তেলঙ্গাশিংনা
মনীংতম্না কোযপাই পাইবদু
নথবায় তাজনা।

মঙশিংনা মীৎশিংদা
পূমথন থঙা চাইথোক্লিবা পীক্লিনা অঙাংশিং
নখোযবু উবগা ঐনা মিপাইজৈ
মবমদি—
মঙ নৎত্রগা আশা অমত্তসু থুংদনা

মখোয় কয়াগী তনৌ তনৌবিবা হকচাংশিংদি
চাকথেকখ্রবনি মৈচাক কনখৎলক্লিবা
মৈবিসিনা।

হয়েংগী লম্বী তন্নক্লিবা অঙাংশিং
নখোয়বু পোকপা মখোয়দি
হিংবতনা অবোইবা অখোইবনি খনখিবদগী
তেমশীংলমদ্রে চাক্লিবা মৈবিসে মুথৎনবা।

মখোয়না মফমসে থাদোক্লুনা চৎখ্রগা
লৈহৌগনি নুংশিনা লীংজবম্বা
মখোয়গী ঈ মবী নখোয়দি।

মখোয়না থন্নমগনি তবেৎ শেঙ্গা
নখোয়গীনি হায় দুনা
চহী কয়া চঙনা ভুংশিল্লকপা
মখোয়গী অথূব নুমিদা গী চবাশিংদগী
অদুবু
পূন্নমজুনা কৈদৌকপাদগে ?
মৈচাক কনা চাক্লক্লিবা মৈবিসিনা
নঙগী ফিজিদসু পাইবক্লবদা।

# ঐগী পুন্সি

মহৌশাগী মতম্বাও৷
তপ্পা তপ্পা শাৎকাইববাখিবা
ঐগী হৱচাং
নওসে ঐগী মপোকসিমগী শক্তমনি
শও মসিদা মীশিংনা ঐব শক খঙই
মখোয়না করম্না খঙগনি
উবা ওমদ্রবা ঐগী পুক্নাংগী মশক ।

ঐগী হৱচাংসিদা
ভুংদুনা লৈবিবা পান্দল
মসিতনা ঐগী অশেংবা ইবললনি।

হৱচাংসিনা মপুং ফানা শাৎকাইখিবা
পুন্সি যৌবনগী হৌখ্রবা মতমদুদি
হৱচাংসিনা পীবা ইখিল্দগী
থম্মোয়সিদা থম্না লেবম্মী
অপাম্বা অমসুং নুংশিবা।
ঐগী মীৎসিনা যেংখি যেংখিবদা উবম্মী
মচু মচুগী তাইবঙ লৈকোল
অপাম্বা অমসুং মিহৌবনা

খোইমু ওইনা তোংলম্মী লৈহি থরুনবা
ঈখৌলাংবনা কণ্ডাওনহল্লদুনা।

পাম্মু পাম্মুনা হৌখি পুন্সিগী তাক্কঙ্
নীংশিংবতং পীবম্মী হিংলিবা ঐঙোন্দা।

নীংশিংবনা হঙ্গৎ হন্দা চেল্লি
মশা খীংলবা অঙাংগুম।
নীংশিংবসিতনা মবী লৈনহল্লি
চাইথোকখ্রবা পুন্সিগী থৌদোকশিংগা
হৌজিক হিংলিবা ঐগা।
অদুবু
অসুক লাপথোবক্লে হাযবা খঙদনা
লাপথোবক্লে ঐহাক হৌখিবশিংদুদগী।

মঙাল লৈনা ঙাল্লম্বা
ঐগী আশাগী থবানমিচাকশিং
মঙলান ঙাহল্লদুনা
উনা উনা কেনখ্রি
ঐগী মীৎমাঙদা
অমম্বগী ঈবোম্নুংদা।

# ঐগী খোঙচৎ

লম্বীসিদা ঐবু
আশানা খূৎ পাযদুনা পুবিবকখিবনি
অদুনা কৈদৌঙৈদসু
ঐগী অবাবা হাযবদু লৈখিদে।

পুবিখি ঐবু বাংলবা চাংজাওশিং লান্না
লিবি লিবি চেননা তুরেলশিংগী
ঈচেল তুংওইননা
পোম্বী চেক্লাশিংগী মশাইগোন
উমংশিং ফাওনা।
মখোযনা শকহৌই নুংশিববা ঈশৈ
মবোন খঙদ্রবা মখোযগী মংবোন্দা।

পুন্নমকসিদগী যান্না লাপথোক্লা লাক্লবনি ঐদি।

শীৎলিবা নুংশিওদি
নীংশিং লৈনম্না চাইথোবক্লি
থাপখ্রবা লমদমদগী পুবকপা
চৎলুবা ঙমদ্রবা মফমশিংদগী।
শান্নম ফাওবি হুকচাংগী কযাৎশিংদা

নৌরবা খুৎশাশিংনা
হৌজিক্তা শোক্রম্বগী।

থংনবা মীৎকৃপ্তা ঐনা কপচৈ
মঙলানগা তাইবঙগা শন্নরক্তবদা
হিংবা ঙম্বগী থৌনা ফাওবা য়াওশিল্লক্তদুনা।

অদুবু—
আশানা খূজেং থাদোকপিরল্লবা
অমম্বগী পম্খে পাংলক্লবা মতমসিদসু
ঐ চৎলি ঐতগী ওইবা
ঙমখৈ অমগী পম্খেদা
নীংশিং ফিজংদা তারকপা
মমিশিংগা মীৎচানবদুনা।

## লম্বী

থম্মোয়দগী পোক্লকপা অকিবসিনা
অসুম অসুম পাকথোক শন্দোবক্লি.
হৌজিক্তি অকিবসিগী মনুংদা
ইশামক লৈবা চক্লে
নৎত্রগনা অকিবসিদগী নাঙ্গোক্তুনা চৎপা ফাওবা
ঙমদ্রে।

থম্মোয থম্মোযদা লেপ্তুনা চাক্লি·বা
মৈবিসিনা শন্দোরক্লি
অকিবা ফংনা,
ঐখোযবু মৈরিসিদা শিন্নবসিবা
তাঙ্গোই তাজনবা।

নত্তে, লৌশিল্লসি
মৌরিসে অতোপ্পগী শাইজিন-শযাদা চুকবা
মুথৎলসি অদুগা মতম পুম্বগী।
মপাল নাইদ্রবা থম্মোযগী নুংশি ঈপাওা
কোনশিল্লসি তাইবঙপানবা পুম্নমক
ইশানা ইশাবু নুংশিনা কোনশিঞ্জবগুম।

মহুম কাযববা উচেকশিংগুম্না
কণ্ডাওনববা পুন্সিশিং,
থৱাযগী কাযদোংফম অমত্তং ফংজনবা
হযেং ফাওবগী পুন্সিদা,
লম্বী অসিমখক্তং মঙাযবে
ঐখোযগী খোঙচত্তা।

## ঈ তৈরবা খোঙ্গূলশিং

লৈবাংশিংনা লৈকা ফন্না শাৎকাইথিবা
লৈকোলসি ফাওনা চৎখিরগা
চাংলৈবাক্কী লম্বীসিদা
ঈ তৈববা খোঙশিংনা চৎখিবগী
খোঙ্গূলশিং তাবি।

মচা কাযনববা মমা মপাশিং
মখোযনা খঙদে
মচাশিংনা কদাযদা কবিগী চৎখিবা।
মতমসিদা অশংবা উনাশিংতনা থল্লবা
উপালশিংগী ফৈবাদগী
উচেক মচাশিংনা নীংতম ঈশৈ শক্লকপদা।
লম্বী তাক্লকই
মচাশিংগী খোঙ্গূল
খঙনীংনা লীবিবা মখোযদা
নুংশিজববা মচাশিংনা
মখোযবু থাদোক্লগা
কদাযদা কবিগী চৎখিবা?

চাংলৈবাকসিগী লম্বীদা

ঈ তৈরবা খোঙ্গুলশিংগী
খোঙ্গুল খঙনীংনা লীরুবশিং
মখোয়না ফংবা ঙন্নমদে
খোঙ্গুলশিংগী অরোইবদু।

ঈ তৈববা খোঙ্গুলশিংসিদি
হেন্না হেন্না মযেক শেংলক্লি
লম্মীসিদা।

## নোংমৈ চীন্দোন মরকসিদা

মশীং নাইদনা থিন্দোক্লিবা
নোংমৈ চীন্দোন মরকসিদা
ইমা নওদি নচাবু
থাদোক্লীংদে মীৎকুপ অমওস্ ননাক্তগী।
ঐ খওডিনে ইমা
নওনা লোন্না লোন্না কপ্পদো
লমহেনবা নচাগীদমক্তা।

অদুবু ঐদি
হৈনবা ওমদেনে ফাদোক অমগুম লৈবনদি
নৎএবদি অসুম অসুম খৃজিল্লক্লিবা খশোযগী কাখৃসিদা
ইশামক লৈবা চপ্লক্তে।

মাযোক্লনা ফম্মিন্নদুনসু ইমা নওগা ঐগা
খক উনবা ওমদেনে
ঐনা অহিংবা ওইবা মফমদা
নওনা অশিবা ওইনা তাদুনা লৈ,
নওনা অহিংবা ওইবা মফমদমক
ঐনা অশিবা ওইনা তাদুনা লৈ।
কবম্বা মতমদা উনবা ফংগদগে

ইমা ইচা মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু।
উনবা তারবদি ৱাহৈ অমত্তং হায়নবা নংদ্রবসু
নীংতম্বা ফংদবদা থম্মোয়দা
অনৌবা মযোল অমত্তা চোংবা ঙমদবসে
য়েংহন্নীংবা ইমা নঙগী নফমদা।

ইমা নওগী হাঙলবা মীৎফম্না থিবিবনা নচানি
ঐনা থিবিবনা থম্মোয় নীংতম্বনি।
নীংতম্বা ৱাহৈসিগা ঈগী অঙাঙবা মচুগদি
তিন্নদুনা লৈগনি থাদোক্নবা যাদনা
অদুর্নানি
নঙনা পামজদ্রে খঙদুনসু
ঐনা ইনীংতম্না খোঙ থাংলিবা
মশীং নাইদনা থিন্দোক্লিবা
নোংমৈ চীন্দোন মপক্তা।

# কাক অমসুং কোকিল

কাক্কী মকোলদা চাঙবকপা কোকিলশিংদা
কাক্কা মখোযবু পোকপী মমানি
মখোযগী কুচু কুমেনসু অমত্তনি
কযালক হাযদুনসু
মচাশিংনি ঙাযবিবা কোকিলশিংনদি
কাক্কী মকোলসিবু মোংফমগুম্না খল্লি
মখোয় বগাবু লৈবোল চনশ্রবা।

মখোযনাদি ঙাযবি
মখোযগী শক চু মাংদে
মবোল তিম্নদে
হৌফম শাংহন্না
মখোযগী ইতিহাস অমমমনি
অদুনা মখোযগা শগুম চাঙ্গুনা
তোঙাননা হিংজনাংই।

মমানি হায ববা মহাক্তি
মখোযগী হিংনবা লম্বী পীবিদে
মখোযগীদমক রানিবা ঙমদে
পৃক্লীংগী অনীংবা অপাম্বা অমত্তসু খঙ্গবিদে

থম্মোয়গী চৈনাখোল অমত্তসু ফাওবিদে
তনৌ তনৌরিবা মখোয়গী মশাদগী
ঈথেং শিঙ্গবা উরবসু
মীৎলূদগী পিগী মরিক অমত্তা ঈহৌরক্তে
অদুনা
থম্মোয়গী মরী য়াওদনা
মপাঙ্গোংগী মবীতনদি
মমা মচাগী ঈগী মরীনি হায়বা
কোকিলশিংনা য়ানীংদে।
মখোয়না ক্কাক্কী মমা ওইবীগী শক্তমসিবু
নমথাক্কী মায়খুম ফিনি হায়দুনা
মচেৎ কয়া থোক্লা শেগাইরম্লগা পাইখি
মখোয়গীদমক ব্বাবিবা ঙম্বা
অপোকপি মমাগী খোঙ্গূল লীরদুনা।

ক্কাকপু অপোকপিনি খঞ্জবশিং
খূবক্কী ঈনা লাই শাবা
মখোয় কয়ানদি লম্বী থৎলদুনা
অপোকপি মমাগী খোঙ্গূল লীবিবা
মচীন মনাওশিংগা
তমথীনা হাত্তোক্লবি যেরুবগী মীহাত্তা।

অদুনা—
লানফমগী ঈখেং মবকসিদা
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং খাইদনা
শেৎন খাইনবগী
তেংথা নাওই খোঞ্জেলনা
মফমসে নীন্দুনতা লৈ।

## থৌরী চিংনবা

অমম্বনা হাযনীংঙাই নৈতনা পাক্লবা ফিজং চিংথোবকপগা
অঙানবনমুক চিংশিল্লি অমম্বগী ফিজংবু
চিংথোক চিংশিন যাবা
মচীন অমমম পাযনবদুনা
অমম্বনা লেপ্তুনা চিংথোবকই নীংশিংবগী মনুংদা অকাওবনা লৈবগুম
অঙানবনমুক চিংশিনখি অকাওবগী মনুংদা নীংশিংবনা লৈবগুম।

মঙালদা ঙাওজবা মীৎকুপশিং
ফৌহামশিংগী মবক্তা অচঙবা মক ওইবদুনা
হুক্লুবদা লৈহাও ফববা লবূকশিংদা
পোকখাইদ্রিবা মব মনুংদা যাওবম্বা মঙলানশিং
মতোন চোংলক্লুনা
হৈপাল লৈপালশিং ওইনা
মকা লাম্না হৌগৎলকপদা
মীৎচানবি তাইবঙগা।

হৈপাল লৈপালশিংনা
লৈমাযদা মবা চেৎনা তাশিল্লদুনা
মশাশিংনা অহাঙবা থিব থিবদুনা
শন্দোবকই অতিযাগী অহাওবদা।

হৈবাংনা হৈবেপ ফাবকপা
লৈবাংনা লৈশাৎ তল্লকপদা
মঙালগী খোঙজাওশিং হাংদোক্লদুনা
পাইথোবক্লগা তেনবা শঙ্গু শঙ্গুনা
অহাঙবা নোংমদোন কোন্দা
হৈনৌ পাম্বীগী ফৈবাদা তোংলদুনা
অমুনবা হৈনৌ চাবগা
পূক্লীং শুন্দ্ৰৎলবা খোঞ্জেলনা
চীংলৈবাকসিবু খোম্থাং যৈহল্লকপদা,
থম্মোযনুংদা চেজেৎনা কোনশিন্দুনা থল্লিবা
অমম্বগী শুকৃংশিংদগী
পাইবকই ক্বাক শঙ্গু শঙ্গুশিং।
মখোযনা চিকখাইদুনা মাঙহল্লি
হৈনৌ পাম্বীগী মশাশিংদা পাল্লিবা
মঙ অমসুং তাইবঙ অনীমক।
অদুগা নুমিৎ চপ যূংবগী মৈশাবু
শকক অনী হেঙ্গৎহল্লদুনা
লাক্লা লাক্লা খোঙলকই।

অদ্দগীদি
তেনবা অমসুং ক্বাকশিংনা
অঙম তানবগী চিংনবকপদা
অহাঙবা পূম্বা পূমথন থম্না
মঙশিংনা লৈ ওইনা শাৎকাইবিবা
মখোযগী মপূক্লীংনা চেন চোংদুনা শান্নজবম্বা
মফমসে
পূমকোক কোক্লবা মোংফমশিং ওইবক্লি।

## মণিপুর ঐগী মণিপুর

মণিপুব,
ঐগী মণিপুব
নহাক্কী লবুক লম্মাংশিংদা
চাইখ্রে ঙসিদি
নচাশিংগী অঙাঙবা ঈখেংনা
ওইনামগী মীহাত্তা
লাংজিংগী মীহাত্তা
হৈবাঙ্গোইথোংগী মীহাত্তা
লমফেলগী মীহাত্তা
মালোমগী মীহাত্তা।

শান্তিগী লান্মীশিংনা শান্তি থম্নবগী মমিংদা
থৌনা ফখ্রবা নোংমৈগী মকশিংবু
মথৌ পাঙথোকহনখ্রে
তনৌ তনৌরিবা হকচাংশিংবু
মফূৎ মফূৎ হত্তোক্লদুনা।

লবুকশিংদা লৌলিং লৌখাউ তল্লিবি
মপুরোইবা অমদি মচাশিং
তমণীবা মীহাত্তা হাত্তোকপিখ্রবশিংগী

খুল্লং ঈশৈগী শৈহেক্তা যাওবিবা
অহিক্লববা থম্মোযগী খোম্থাংশিংনা
থম্মোযগী ঈমাযশিংদা
হঞ্জিল হঞ্জিলনা য়েকববদা
অনৌবা ঈথকশিং হৌবক্লি।

তাম্লবা লৌতাংশঙশিংগী ফম্বাক্তগী
তাবক্লিবা খোঞ্জেলশিংসে
লৌঙাক ঈশৈ নত্তে লৌফমশিংদা চাঙাবিবা
উতেক ক্লাযাশিংবু তাল্লিবা,
মশাগী ইজ্জৎ অমদি ইকায খুম্নবা
ঙাকচবা ঙমজদ্রবি চনুবাশিংগী মশাদা
শাহিং চাবা লঙজা ক্লাকশিংনা
তমথীনা হনবগী
থম্মোয কাযববা তেংথাখোলনি
চীংমাযশিংদা খোম্থাংনা নিল্লিবা।

মখোযগী পিগী নোংজুনা
থম্মোযগী ঈমাযশিংদা তাবদা
অনৌবা ঈথকশিং হৌবক্লি।

মণিপুব,
ঐগী মণিপুব
নঙগী লৈবক খুল্লক খুদিংমক
হৌববা নোংমৈগী মখোলনা
নিকহল্লবদা মফমসিগী লৈমায
চনীংতাদবা নুংশাশ্ববদা হিংলি
ঙসি লমদমসিগী মীযাম।

# মঙফাওনবা ঙাইরি

নীংতম লানফমদা শিখ্রবা লান্মী অমগী
মমীত্তা তাবস্বা লোইশিল্লমদ্রবা মঙলান অমগী মমিনা
চোংশিনখি নহাক্কী মীৎ অনীদা
অদুদগী
মমা ওইবিগী আশাগী নিংথাদা
চেৎনা নাওকোন্দুনা চাওবকখিবা নহাক্কা
মমা ওইবিগী মীৎ অনীদা কংনৈইদ্রবা
ঈফূৎ থম্ললগা
নযূম নবৈকাই থাদোক্তুনা চৎখি
মৈচাক কনখৎলক্লিবা লম্বীদা।

ঙসি অমুক থেংনবে
নোংমৈনা কাপখাইখ্রবা,
পূমচাই চাইথোকখ্রবা কোক্কী শবক
নশক ফাওবা খঙবা ঙমদবমখৈ
হবচাংনা নোংমৈ মবশিংনা মফূৎ মফূৎ হুত্তোক্লদুনা
নখূৎ অনীমক খূত্তুম চেৎনা তাশিল্লদুনা
লৈমাযদা তাদুনা লৈবস্বা।

নঙগী হকচাংদগী চাইথোকখিবা ঈখেংনা

হৌবিবা অশংবা নাপীশিং
অমদি উনাশিংদা তৈবি।

নপাঙ্গল অমত্তা যাওদনা
তঈংলবা লৈমাযদা তাদুনা লৈবিবা
নহাক্কী হকচাংদা পাঙ্গল খজিক্তং যাওবল্লবদি
হৌগৎলক্লগা খুৎতা খুৎলায পাযদুনা
হান্নদগী শকক চাম্ম তমথীনা
লাষ্ছেংনবক্কনি অনৌবা লাম্লোংদা
মবমদি
নহাক্কী লূববা নমীৎতা
ওৎ নৈবগী শোক্লবা মমি তাদুনসু
অচেৎপা থাজবগী মমি তাই
অদুনা নহাকপু হাত্তুনসু মাযথীবা পীবা ঙমদ্রি।
শিববসু নহাক্না যাজদ্রি
নহাক মাযথীবে নৎত্রগা মাযথীবগনি হাযবা।

মীৎকূপ খবদংগী মমাঙদা
থৌনা ফনা লাষ্ছেংনবম্বা নহাক্কী
মীৎস্না অনীদা তাবিবা
লোইশিল্লমদ্রবা মঙলান অমগী মমিনা
চোংশিনখি অউবশিংগী মমীৎশিংদা
মখোযনমুক চৎপা হৌবকই
মৈবক্কী লম্বীসিদা
নঙনা যৌনীংলম্বা পম্থুং তন্না
মাযথীবগী ৱাখল শুংখন খল্লুদনা
মাযথীবা লৈত্রবা মখোযগী খোঙচত্তা।

# ঈ তৈরবা অতিয়া

অহাঙবা নোংমদোনদা পাইবি
নীংতম ফিবালনা হাইনা হুম্না,
অতিযা মকোযদা
মনীংতম্না শান্নজবম্বা উচেকশিংনা
ফিবালনা মনীংতম্না পাইববু
মখোযগী মনীংতম্বদা শীংনবনি হাযনা খল্লি
মবর্মদি
ফিবালসিনা অতিযাদা পাইববা নুমিত্তগী
মখোযগী মনীংতম্বা মাঙখ্রবনি।

উচেকশিংগী পাক্লবা মচীনশিংনা
চিকথংকে তেমশীংলকই ফিবালদুবু।
ফিবাল ঙাকপশিংনা
মচীন্দা জাতিগী ঈশৈ শক্লদুনা
নোংমৈ মকশিংনা কাপখাইবকই উচেকশিং।

অদুদগীদি মচু শঙজিল্লকই
অঙাঙবা ঈখেংনা মখোযগী অতিযা
অদুবু
পাইশিল্লি অনৌবা উচেকশিংনা

রাংনা হাইগৎলক্লিবা
ফিরালগী মখোক তম্না।

# অতিয়াগী মচেৎ

মাঙদা থৎলি বাংলবা চীংশাং অমনা
মীৎযেংগী লম্বীদা
অতিযাগী মচেৎ অমা থিংলদুনা।
চীংদোল তম্না লম্বী অমনা তিংথোকখ্রি
মসি চৎলিবা মতমগা অমণ্ডনি।
লম্বীসিদা ঐনা
চীংদোলসি লোম্না কাকুগদৌবিবনি
চীংশাংনা খনজিনখ্রবা
অতিযাগী মচেৎসে উবা ফংননবা।

লম্বীসিদা ঐবু থৎলি
কল্লবা নূংজাও
ঐ তম্না চাক্লক্লিবা মৈবি
মপান নাইদ্রবা ঈশিংগী ঈপাক
অদুবু
শীংনবদুনা চৎলি ঐনা
বাংবা তান্নবিবা মকোকশিং মবক্তা
থীনগৎলদুনা ইকোকসি লানঙম ফিবালগুম
থৌনা লংলবা থাঙশাংশিংগী মবক্তা।

মায়োক্লবদা চোকথরকপা মীৎকুপ্তা
পাক চাওরবা তাইবঙসিদা পোথাফম ফংদ্রদুনা
হঞ্জিল্লন্মী থম্মোয়নুংদা
অপীকপা পোথাফম অমত্তং থিরদুনা।
থম্মোযনুংদা নত্তনা
মীওইবগী অশেংবা পোথাফম লৈতে।

ঐগী হকচাংগী কয়াৎ শিনবা থুংনা
অঙৈংবা নুংশিৎকী ফিজিনা নানবিবকপদা
চোকথবনা ঐবু থাদোক্লম্লগা চৎখি
মশক ফাওবা উবা ফংদনা।

ঐদি য়ৌদবা য়াদবনি
ঐগী মীৎয়েংগী লম্বীদা থিংলিবা
লৈচিলগী শান্নফম চীংদোলসিদা,
মদুতদা ঐনা উজবা ফংজগদৌরিবনি
মায়কৈ পূন্নমক্তা
পূম্নাং হাংদোক্লবা অতিযা।

# ঐখোয়গী ইমা

ইমাগী যেন্নীংথাগী খৃৎশাশিংনা শোকপিবদুনা
যাকায শৈবোলনা হৌদোকপিবকপদা
হৌগৎচবম্মী নচাশিংনা
শেংলবা নুমিৎকী মঙালদা
অনৌবা ফিজোল শেৎলদুনা।

ইমানা শেৎপিবা ফিজোলসিনা
নচাশিংগী চাওথোকচবনি অদুগা থৌনাসুনি।

থাদোকপিবি নচাশিংবু
শান্নজনবা চেন চোংদুনা লবুক লম্মাংশিংদা
নুমিৎ তাদ্রিবমখৈ।

নচা পূন্নমক মপুং ফাজবি মতোম মতোমতা
মপুক্লীং অমমমনা।
মশা মশাগী মপুক্লীংনা লমজিংদুনা
মান্নদবা পুক্লীংনা নাকপাক নাকপাক লেপ্পবদুনা
নচাশিংনা লাম্থেংনবকই
থৌনা ফববা লাম্মী অমমম ওইনা।

লানফমগী থৌরবা খুৎলায়শিংনা শোক্লবা
নচাশিংনা হেক হেক তুমথবি
হৌদোকপা তাদনা
লানফমদা শিববা লান্মী ওইনা,
নুমিৎচুপ্পা শান্নবদা চোকথববা অঙাংশিংনা
নীংঙাইদনা তুমজবগুম মমাগী মতম্বাক্তা
অযূক্কী নুমিৎ মঙালদা
মমানা অমুক হৌদোকপিরক্ত্রিবা ফাওবা।

# চৎখিবা য়ারোই

নঙবু যোক্লিবা সমাজগী খুৎশিংনা
শঙজিনবিখ্রবদা মচু লীশিং লীশিংনা
মীনুংশি খঙবগী ফিজোল হোংদোক্লদুনা
নাপলগী ফিজোলনা ফিজেৎনবিবা নঙনা
নশাগী অশেংবা শক্তমগা
কবম্বা মীংকৃপ্তুনো
মাযোক্নবা ঙমগদৌবিবা?

নশাগী নুংদা পোম্মজবকপা
নশাগী অশেংবা শক্তমদুদি
হঞ্জানবগী অশাবা নুংশাঙ্খবনা যৈবদা
শাভোকপা ঙমদনা
কংদুনা কেনখ্রবনি।

কবিগুম্বা অমত্তগা শীংনদুনা লেপ্পা ঙমদ্রবা
নঙগী নমীৎ অনীদদি
কংনাইদ্রবা ঈফুৎ অমা ফাওবক্লি,
নঙগী নমীত্তা পিনা থন্না লৈবগুম
থম্মোযনুংদদি থৌজাল অমদি মীনুংশিনা
থন্না লৈতে।

অঙম তান্নবগী নৈখাযবদা
মৈশা হেনগৎলক্লিবা নঙগী অকোযবদা
মৈ হৌদুনা চাক্লকপদা
মীনুংশিগী লীক্লা মবিক অমা ফাওবা
কনাসু তাহনবিনবা লৈত্রবদা
মিপাইবনা ফুনগৎলবা নঙনা
থম্মোযনুংদা থূপফম অমত্তং থিবব্দা
লৈবমদবদা থূপফম অমত্তা
কবিবু ঙক্লীংঙাই লৈবিবগে?

মফমসিদা হযেং থুংলগদবা
মখোযগী মীৎলু পিবাংনা
নহাক্কী লম্বীদা থৎলি.
নঙ চৎখিবা যাবোই
সমাজগী খ্বাইদগী যাম্বা মমলদা
নশাবু যোম্বোক্লল্লগা।

## নখূৎমক্লা শেমগৎলিবা লৈকংলা

অঙাংশিংনা চেন চোংদুনা শান্নজরম্বা
লৈকোলসি
লানফম ওম্থোরকপদগী
ৱাখল য়াওদ্রিবা অঙাংশিংনা
লৈখোক্তা পোল্লিবা লৈশিংবু
মমল খঙদনা পৎ থদৎলগা
লৈমায়দা লংথোকপগুম
লৈমায়দা তাদুনা লৈবি
তনৌ তনৌরিবা অঙাংশিং।

হৌজিক্তি লানফম ওইববনিনা
নৌরিবা আশাগী ময়োলশিং
অমত্তা খাক্তনা কাপখায়দুনা
করিমতা হৌদ্রবা লৈকংলা অমা
নখোয়না নথৱায় তানা শেমগৎলি।

পুম্নিগী মঙলান মঙবা হৌরকপমক্তদা
নমদুনা মপুম্নিবু মুনবিখ্রবা অঙাংশিংগী
মঙ্গুল্লিবসিংগী
মঙ্গুম্বগী শোল্লবা থম্মোয়না

লানফমগী মীকপ মীরাওখোলবু
ফুমজিল্লম্লগা অশিবা হকচাংশিংগা লোয়ননা
অকাউবগী যুখল অমা থাদরম্লগা
তুং ওম্থোক্তুনা লাক্লীংলবনি
পুন্সিবু নুংশিনা নাওকোঞ্জরগা
মখোযগী হযেংগী মায়কৈ য়েংলদুনা।

মোংফমগী অচীকপসিনদি
মচীন পান্দুনা
মিকপ মীবাওখোলগা লোযননা
কৌবি অহিংবশিংবু
মনীংতম্না কপচবা ফাওবা ফংখিদ্রবা
মখোযগী মনাক্তা লাক্লনবা।

## হাইদোকপা ঙমদ্রবা ফিজং

ঐখোয় অনীগী মবক্তা খল্লি
মনুং মপান ফাওনা উবা
পাববা ফিজং অমনা,
ঐ হাযবনা ঙমখৈ ওইবদুনা
ফাজিন্নদুণা লৈবি
তোখায় তোখায় তানহল্লদুণা
হাযনীংঙাই লৈতনা লাপথোক্লহল্লিবসে
ঐনা খক যানীংদে।

কযাবকপুদি চঙশিল্লববনি ঐনা
ফিজংসে হাইদোক্লগে খন্দুনা
অদুবু অশোনবনা
ঐগী কল্লবা পাম্বোমসে ফাখিবদা
অশোনবনা অকনববু মাযথীবা পীবা
পুন্সিদা অহানবা ওইনা
ইমীৎমক্লা উখি।

ফিজংসিবু হাইদোকখ্রবদি
নঙগী মাযথোঙগী অতিযাদা
ঙাঙলৈনববা নোংজাবিনা

মীৎকুপ খবদং
মায়কৈ পুন্নমক্তা চাইথোরক্কনি।
মীৎকুপ্তুগী মতুংদদি
লান্নগনি ইবানীগী মীৎস্নাশিং,
চান্ন বাহৈগী খোঞ্জেলশিংনা য়েবদা
থম্মোয় নৈরাংগী নৈকা খুদিংমক
শাৎকাইরক্কনি মকা লান্না।

মদুতদা,
শিন্নরক্কনি নঙগী হৈকোল লৈকোলগী হকচাংদু
হৈরাংনা মপূং ফানা পাল্লিবা
লৈবাংনা মকা ফম্না শাৎলিবা।
থাদোক্নুনা চৎলোই ঐনা
হৈকোল লৈকোলসিবু।
ঐনা শেন্নগনি
কল্লক চাওবা খুৎশিংদগী
প্রকৃতিনা শেৎলিবা ফিজোলসে
হেক মুনবিখিদ্রিবমখৈ।

# অশেংবা শক্তম

কবিঃ

মৈ ইক্রুবা থাঙশাংগী থৌববা মযা
নঙগী শৈবেংদা হাপ্পুনা
মাযোক্লবা লানফমদা
ওইদবা অবানবগী থিনগৎলক্লিবা
মঙক লীশিং লীশিংবু কক্তুনা হাৎলগা
মবাযবঙা লানঙম ফিবাল
য়ুংশিনবা ঙমদ্রে খল্লদুনা
বাহৈশিংগী লৈকোলদা নুমিৎ চুপ্পা অমা
লৈশিংগা শান্নবদা পূক্লীং হঞ্জানবক্লদুনা
কল্পনাগী লৈতেং পূন্নমক লৌথোক্তুনা লংথোকখ্রগা
নশাগী অশেংবা শক্তম যেংজনবা
ফিজোল থোংদনা মিংশেল মমাঙদা লেপ্লবদা
নশাগী অশেংবা শক্তমদা নশামক ইকাযজবক্লদুনা
চেষ্ঠোরকই নঙাক্লা।

অদুগা,
নীংথীজনা ফিজেৎ লৈতেংলগা
মোমোন নোক্তুনা লেপ্লে
মিংশেল মমাঙদা।

## হোংদবা অমত্তং

ঐগী অকোযবদা
লেপ্তুনা অসুম হোংলক্লি
উপাল ৱাপালশিং
হৈ লৈশিং
ফুবা দলানশিং,
ইতিহাস ফাওবা মশক হোংলক্লি
মতমগী অহোংবদা।

ঐগী থম্মোযগা
ঐগী অকোযবগা তত্তুনা থেংনবকপদগী
ঐগী নুং পান অনীমকসু
লেপ্তুনা হোংলক্লি।

পক্তুনা লৈহৌদে মতমগী মাযথোঙদা
মীৎলুগী পিবিক অমত্তং
মমিসু তাহৌদে মোমোন মীনোক অমত্তগী,
অদুনা
মতম হাযবসি থাজবা যাদবনি
কবিগুম্বা মমি অমত্তসু
লেঙদনা থম্বা ঙমদবা

নৎত্রগা থম্মোয়গী মমিশিং মূখৎপা।

চৈফম অমগী চৈনা ফাওবা কোত্ত্রিঙৈ
মীৎলূদা পিরাং খক্ত্রিঙৈ
থম্মোয়গী হক্লবা মমিশিং মূখৎলদুনা
হেক্তমক ইশিল্লকই
মঙলান অমগী মীনোকশিং।

ঐ অসুম হোংলক্লি
হোংদ্রিবা অমগুং হায়রবদি
ঐঙোন্দগী 'ঐ' হায়বা অসিখক্তনি।

# মায়থোঙশিং

ঐনা থেংনকবা মী খুদিংমক
মাযথোঙ লীশিং লোঙবা ঙাক্তা ওইবম্মী.
মীগী মথোঙ পায়কবা মখোযগী মখূৎশিংনা
থাঙ পাযদুনা মীগী মঙকমুক ককথৎলি
অসিগুম্বা মী ঙাক্তনা পান্দুনা লৈ।
লমদমসিদদি
মাযথোঙ অমত্তুং পানবা মীদি
ঐদি অমত্তা উবু উজদ্রি।

## একজিষ্টেন্স

মফমসিদা খুন্দাবিবশিং
হিংনবগীদমক লাপ্তেনবা যাম্না হৈ।
মফমসিগী লেমাযদা
মীনুংশি খঙবা থশ্মোযদগী হৌবকপা
পিগী মবিক অমত্তা তাবক্তবদগী
ওইবকপা ঈকংখাদা
পাম্বী মচা অমত্তা ফাওবা হৌবা ঙমহন্দবদগী
লৈকংলাগুম পূমকোক কোক্লক্তুনা
ঈখৌলাংবা কোকহনগদবা
পীক্লবা ঈচেল অমত্তা থিবা ফংদ্রবসু
মখোযনা উট ওইনা হিংই।

মশাগীতা যেংবা বাখলদগী
নোংখোঙ ফূইনা হৌবকপা নোংনা
নোংজ্রথা ওইহন্দুনা
নোং লেপ্তুনা চুথবকপদগী
ঙাও ফৈববা ঈশিংগী ঈচেল
পুবা ঙমদ্রবা
শোক্লবা তুবেলগী তোর্বানশিং কাযদুনা
ঈশিংনা ঙক যৌনা থূমগৎলক্লবসু

চুবিবা নোংসে খাম্নবা হোৎনদে
কাযববা তোর্ব্বানসে থিংনবা হোৎনদে
মদুগী মহুৎ
লৈম্লে ওইনা শান্নদুনা লৈ
মখোযনা ওম্থোক্লা হৈননা।

ঈশিংসিনা থাউ ওইদুনা
মৈ হৌদুনা চাকপা হৌবক্লে মাযকৈ পুন্নমক্তা।
হৌজিক্তি চাক্লিবা মৈসে
মীৎকি পি
অমদি মখোযগী মশাগী ঈনা
মুখৎনবা হোৎনগদ্রা?
নৎত্রগা মফমসে থাদোক্লুনা
মযুম মকৈ তুংওইনবন্নগা
পাইখিগদ্রা উচেক ওন্দুনা
মীগী শাইজিন শযাদা
শাযদাংফম অমত্তং থিবদুনা।

# ইনীং তম্লে ঙসিদি

উপালশিংগী লৈতেং ওইরম্বা
অশংবা উনাশিংনা
নীংথমগী উলেন
কালেনগী মৈশা
ইথিল কল্লবা নুংশিৎকী শাফু
পূম্নমক মায়োক্লিরম্লবা ভূংদা
নুংশিৎকী শাফু অমত্তং ফংবদা
কেন্দুনা তারক্লিবসে
মতম্না হেকখিব্রা?
নৎত্রগা হোংদবা মতমগী খোঙচত্তগী
মখোক লোয়দুনা কেনখিব্রা?
মদু নত্তে ঐগী ৱাহংনা পাম্লিবা।

ঐগী ৱাহংনা পাম্লিবদি
ঐখোয়গী পুন্সিগী অতিয়াদা
নুমিৎ ওইদুনা কাখৎখ্রগা
শক্তিগী মৈশা কল্লবা মৈরি শন্দোবকপদগী
মরাল লৈজদ্রবা
পুন্সিবু নুংশিজনা চেৎনা নাওকোঞ্জনিনশিংবু
চাকথেক্লনা তাঙ্গোক্তা তাতল্লিবসিনি।

মৈরিসিদগী ইশাবু কল্লগে হায়রবদি
চকসিগী খ্বাই নোংজেং পীবা ঐ
নুমিৎসিবু কাপখায়বা তাবনি
মদুতদা
কংলবা পামেলশিংদা
অনৌবা যেন্নীং হুল্লককনি।

অমম্বা পুম্বা নম্বাত্তুনা
শন্দোবকই মঙালসিনা অমম্বা থম্মোযনুংদা
অদুগা মঙালসিনা তাম্থোক্লগা
অমম্বা পুম্বা লাপ্না
হকচাংগী থোঙশিংদা,
মঙালসিনা ঙানখি
অমম্বা থম্মোযগী লমদমদা।

অকিবগী কৈশুমশঙদা
মতম কুইনা ফাদোক তাকখবা ঐ
ঙসিদি পাইবা ঙম্লগনি
মপাল নাইদ্রবা নোংমদোনগী মশাইগোন্দা
ইনাংতম্না তুম্ফাং খপ্লদুনা।

